# নোংহৌ

(সোনেট সিক্কেন্স অমা)

সঙ্গাম তোম্বা

রাইটার্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল




*Nonghou* (The monsoon), a book of sonnet sequence in Manipuri written by Salam Tomba, Toubul.


ঙহানবা ফোঙবা : সেপ্তেম্বর, ২০০৪ ইং

ফোঙবা : সলাম সদানন্দ না রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল গীদমক ফোঙজবা।

মখুম : কুমগী নোংহৌগী শক্তম অমা।

হক : অইবগীনি।

মমল : ৷

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস, পোলোগ্রাউন্দ রোড, ইম্ফাল।




ৱাফম অমখক

সোনেট সিক্বেন্স অসিগী মনুংদগী সোনেট অমত্তা নৈনবা নত্তগা রিফরেন্সকী নত্তনা লৌথোক্কুনা শিজিন্নবিগনু। ট্রান্সলেসনগীদমক্তি অইবগী অয়াবা হান্না লৌবীয়ু।

লাইরিক অসি ওইনবা হোৎনবদা তেংবাংবীখিবা পুম্নমক্কী মফমদা তৌবীমল খঙবা থম্মোয় শেংনা উৎচরি।

ইচিন-ইপ্পা ওইদুনসু
চেংলৌ শকসু উহৌদ্রবী,
ইচে মিঙ্গৌসু কৌহৌদ্রবী
নুংশিরবী ঐগী
ইচে ঁমনিশং
নঙগী নফমদা।

# ক্লবকী ৱারোল

রাইতর্স ক্লব, মণিপুরগী মেম্বরশিং অইবা অইবী ওইগদবনি হায়বগী অকনবা নিয়ম লৈবনা হৌজিক ফাওবদা মখল-মথেল লাইরিক কয়া পুথোকচদুনা লেপ্তুনা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তৌজরক্লি। ইরমদমগী মমল নাইদ্রবা কলা সংস্কৃতি, ফজরবা মহৌশাগী শক্তম কয়া, অমরোম্দা তায়োন্ননা ওইরক্লিবা তংদু-লৈতাদ্রবা সমাজ, কায়থরক্লিবা মহৌশাগী শক্তম কয়াগী মরমদা ইবা ৱারেং, শৈরেং, ৱারীমচা, উপন্যাস, নৈন-ৱারেং অমদি ইমারোন্দগী অতোপ্পা লোন্দা হন্দোকপা লাইরিক কয়া পুথোকপা ঙমজখ্রে। হৌজিক ফাওবদা শৈরেং লাইরিক মঙা, ৱারীমচা লাইরিক মঙা, উপন্যাস অহুম, নৈন-ৱারেং অহুম অমদি মণিপুরী লোন্দগী হিন্দী লোন্দা অনুবাদ তৌবা অমা, পুন্না লাইরিক তরাতরেৎ পুথোকচখ্রে।

শ্রীসলাম তোম্বগী 'নোংহৌ' (সোনেট সিকেন্স) অসিনা ক্লবকী তরানিপালশুবা ওইনা পুথোকচবা লাইরিক্লি। মমাঙদসু অইবগী শৈরেং লাইরিক 'থাজগী অমম্বা নাকল' অমদি উপন্যাস 'চিত্রকার' ক্লবনা পুথোকচখ্রে। অইবগী অহুমশুবা লাইরিক ওইনা 'নোংহৌ' মিংথোনবা অসিবু রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলনা মীয়ামদা খুৎশিন্নজবগা লোয়ননা মখা তানা ইথবিরকখিগনি হায়বগী আশা অইবদা থমজরি।

---

আগষ্ট ২৪,০৪ ইং
নম্বোল,

রাজেন সরাংথেম
সেক্রেটরী
রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল

# নোংহৌ পারুবদা

১৯৬০ গী ময়ায়রাইদগী লোইরমদাইফাওবা এ আই আর ইম্ফালগী আধুনিক ঈশৈনা ঐবু ঙাওহল্লম্মি। বি জয়ন্তকুমার শর্ম্মনা ঙাওহল্লম্মি, থাংজম কোরানা, কৈশাম যামিনিকান্তনা, খুমন্থেম প্রকাসনা ঙাওহল্লম্মি। কুইরে রেডিও তাবা ফংলক্তবা। কালেনগী কাথেক্লবা কোলকত্তাদা শ্রীমোইরাংথেম প্রিয়ব্রত্তগী খাঙবদা ৰারবা চক্রিদা 'নোংহৌ' থেংনরুবদগী ইনৌ নৌনা নীংশীংলকই থায়নগী কাউরুরবা রেডিওদু। ইথা থাজদনা পূক্লীং হকচাং অনীমক তেকখৎলকই শ্রী সলাম তোম্বগী নোংহৌদা। পাখঙগী পুন্সিবু কৌরগা পুবিরকই মাগী নোংহৌনা।

শ্রী সলাম তোম্বগী নোংহৌদা খিকথরম্মি নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তা। নুংশিবগা ফিলোসোফীগা চেৎনা কোন্নদুনা লৈরম্বসু য়াওবদৌনা তৌই। মসি নত্তবসু য়াওরমখিনি। নোংহৌগী শৈরেং ৭১ মক সোনেটনি হায়রি। সোনেট হায়বসি করম্মায় তৌগদবনো থোইদোক্লা কূপ্না খঙজদে। নিয়ম অমনা চেৎনা পুল্লগা হেন্দোক হেঞ্জিন করিমত্তা য়াদনা শৈরেং ইবা য়াম্না ৰারমগনি। পূক্লীং ইহুনগা দর্শনগা নিয়মগা পূন্না লাক্লবা অরায়বা থবক নত্তে। অসুক চনন্নবা থবকসি শ্রী সলাম তোম্বদি ইরায় হেক লায়না করিমত্তা হেক ৰাদনা তৌথোরকপা মালহল্লি। দর্শনগী ইরৈদা লুপ্লগা ৰাহৈগী লৈচন্দা ঙাওজরিবা কবি অসি মহৌশা খুৎশেম্নসু মখুৎ পায়দুনা কোয়চিং চিংবিরি। থোঙ লোনশীল্লগা লোত্তুনা লৈবা ফংহন্দে –

থোঙ লোন্দুনতা লৈরা থম্মোয়দা/করম্না হাংখি নঙনা, খঙহৌদে/ লৈরম্লে নঙ, হান্না লকানুংদা/ফিজিনা নমায় খুম্না; উহৌদে/............../ নঙগী খোঙথাং ওইখি ঐগী মিহুন /

কনা কনানো, শ্রী সলাম তোম্বগী মিহুনসি অমুক্তা য়েংবিবা য়াব্রা ?

৪।৬।০৪ ইং
কোলকত্তা

-য়ুমলেম্বম ইবোমচা

# ৱাহৈ অমত্তং

ঐ সোনেট সিক্বেন্স অমতং ইরম্মিংবা কুইরে। মকা ফোংদনা ঐগী রোমান্টিক ফিল্লিংসনা ৱানা থম্মোয়দা খাঙলকপসু কুইরে। অদুনা কল্পনা লাক্লবা সেক্সপিয়ারগী সোনেট পাই, ইনিংলক্তুনা খরা ইবা হৌরুরে। অদুবু মপুং ফাবদি ঙমদে। তাঞ্জা ঙাইরম্বা ওইবা তাই। ঐনা মিৎ লায়েংবগী গৌহাটিদা থা মখায় অমা লৈরুবদা পেট্রার্ককী সোনেট কয়া পাব ফংলকই। মাগী খোয়দাজবী ফ্রান্স নিংঙোল লোরা দা মানা অঙকপা মওংদা শৈথাদুনা ইবদু উরগা ঐগী পুক্লিংসি ইনৌ নৌরকই। ইরা কক্লা লৈরম্বা ঐগী সোনেটশিং অদু হন্দক্তি তপ্না ভপ্না মখোঙ থাংব হৌরকই। ইরিবা সোনেটশিং কল্পনা ঙাক্লি। কনাদসু অপান্ননা ইগে খল্লুবা লৈতে। পন্দবা ঙমদবা অমদি কল্পনা মাঙখ্রবা মতমদা ঐনা পোম্খাই, বিবিধ ভারতীগী নুংশিরবা গজল, গীত, ফিলম ঈশৈ কয়া তাদুনা । ঐগী মাঙলুরবা লম্বী তাক্লকই। অদুনা ঙসিদি ইবা লোইরে ঐগী সোনেট ৭১ গী লাইরিক মচা অমদি।

মমিংসু থোল্লা কক্লা কয়ারক্লি। ইপাম পামদে। ইবা লোইরমদাই ফাওবা অরেপ্পা মমিং থোনবা ঙমখিদে। অমুক্তি ফ্রান্সিসকো পেট্রার্ককী সোনেট ৭২ শুবদা য়াওবা মাগী ইটালিয়ান ফোর্মদা, 'জেন্টিল মিআ দোন্না' অর্থনা 'মাই জেন্টল লেডি' হায়বসি ঐঙোন্দা খোয়দাবা অমা ফাওখি। অদুনা 'মিআ দোন্না' হায়বদি মাই লেডি' হায়না থোল্লগে লেপ্লুরে। অদুসু মৈতৈলোন্দা অমুক থোন্নিংলকই। মসিসু তাঞ্জা ঙাইরম্বা ওইবা তাই। ঐগী সোনেট ৬৫ শুবদা ৱাহৈ অমা য়াওরকই। অহানবা ক্বাট্রেইন্দা য়াওরিবা 'নোংহৌ' হায়বা ৱাহৈসিনা ঐগী পুন্সি, থৱায়-হকচাং মহুৎ শিনখ্রবগুম তৌরকই। অদুনা মাবু লাইরিকসিগী মমিং ওইরগে লেপখিবনি।

খুৎই ওইরিঙৈদা পাবিখিবা ডা: এম প্রিয়ব্রত অমদি পাবিবদা নত্তনা ৱাহৈ খরদং ইবিরকপা শ্রীযুম্লেম্বম ইবোমচা অনীবু ঐনা কাউজদে। প্রুফতা পাংবিখিবা ওজাশিং যুগেশ্বর ৱাইখ্বা, শরতচন্দ্র নোংথোম্বা অমদি ব্রজমুহিনীবুসু কাউজরোই।

৩০/০৬/০৪ ইং

- সলাম তোম্বা

## নোংহৌ

### ১

নুংশিবা ! নঙবু পু-র চৎলনি
ঐগী থম্মোয়নুং লোন্না অসুম্মক,
নঙগী নিংঙাইদা ৱারবা ঐনি
লৈরো অদুম্না, তুমিন্না নহাক।

পীরম্নরোই নঙবু কনাদসু,
ননীংদং থুংহনবা ঙম্নবদি
য়ারবনি ঐ ঙসি শিরসু,
থাজদ্রে, 'দুবু মপোকসিদদি।

য়াররোই অমুক ঐ নঙগী নিংঙাই
লোল্লবনি থোঙ মপোকসিমগী,
ঐনা শি-র তুং হৌ নঙ লৈরাং ওই
নীংবা কায়-র ঐগী মোংফমদগী।

য়াওরক্লনু 'দুবু নঙগী লৈনম
ৱাদনবা কনা নঙগী মরম।

২

থাবলনা পূমঙৌ ঙৌরবা নুমিৎ
চীক্লা অহীং তাংলৌদা নোংমা নঙ
তাদুনা লৈরম্মী, থকহন্না মিৎ,
খূল্লুই কল্লকচা ঐ, নুংশিবা নঙ।

কনা উহন্দা নঙবু পুরকখি,
লোত্তুনা থমখি থম্মোয় কাচিন্দা
লৈনম ওইনা, লোন্না নঙ মচৎখি
শোনখি ঐনা ইদোম পেন্দ-পেন্দা।

নোংমসু উই নঙবু লৈ পরেং ওই
নীংথিরবী ঙকশমদা নুজাগী,
নোক্লম্মী নঙনা নাচোম্মক্তা ওই
নাপ্পদুদা কল্লকচবী মাগী।

ইন্নখিদো ঐনা পাৎ-তুরেল লান
তারুরে 'দুবু লৈকংলা মপান।

৩

খঙলুদে ঐদি নঙ মাঙহৈবীনি
শায়োন ওইরম্লে হেলোয় তরেৎকী,
লৈশক নাইদে, লৈচুনা চাম্মনি
চুমথাঙনি নঙদি মচু তরেৎকী।

পাল্লে থম্মোয়দা ঐ নঙগী তেন্না
মিরাংদা পনবা উনাগুম তাওরে,
মালংদা ঙাউরি তেলঙ্গা ওইনা
নোংলৈনা ফুদেক্লা চেক্লা ওইরে।

নুংশিবা! চাক্লে চাক্লা অদুম্মক
থাদোকপা ঙমদ্রে ঐসে সুম নঙবু,
হিমায় চুমঙমদ্রা হিরোইগুম 'সুম্মক
পুরি নঙনা মায়কৈ খঙদা ঐবু।

মালংনা থেংবদা নঙনি খল্লুই
লৈচিন উরসু নপাউবু হংলুই।

## ৪

চান্নবী ! নঙনা নুংশিবীরবা
থম্বীয়ু ঐ শাইনোন্দা লৈহাউ ওই,
নঙগী থোৎলা খজাই থেংজনবা
লৈজরোই নাপ্পদা নাচোম্মু ওই।

পামজদে শমজিরৈগুম লৈবা ঐ
নুংশি মায়থোঙ 'মুক্তসু উদনা,
লৈজগে লিক্লাং ওই থরক্তা ঐ
নঙগী থম্মোয় পাউদম্মু তাজনা।

নঙনা শাউরিঙৈ লৈনি ঐ তুমিন
নঙনা নোকপদা থেংলক্কে খজিক,
হৈবোং মনুং তুমিৎ ওই , ঐ লোৎন
লৈজগে নঙগী লকানুং হৌজিক।

হায়নীংবা হায়সনু কল্লকপশিং
কনা লৈ পামদবা ফজবশিং।

# নোংছৌ

## ৫

নোংমা চৎখি নঙ উরোকথোং লান্না
তান্না উরিবা মন্দিরদুবু তম
ফিঙৌ শেৎ, য়েন্দায় পায়, নঙনা লেম্না,
শন্নাংসু চাইরি নঙগী নীংদু তম।

উরোক পরেং পাইরি নতুং ইল্লক
মতানি খন পাইরকউবু হায়রি,
ফিজিসু পাইজৈ মালংনা হুল্লক
নোংথাংগুম লংনা নাইনসু হাইরি।

উফুলদুম ওইনিংঙি নঙনা নেৎপা
পীগনি ইঙ্গিৎ খোঙয়াদা নঙগী,
য়েংগনি নঙনা তোক্কুনা চৎপা
ঙাওনি ঐ চেংহী মনমদা শমগী।

লৈতে লংথোকফম নঙগী নশাদু
কল্লকপা ঙাক্লি নঙগী হকচাংদু।

৬

থোঙ লোন্দুনতা লৈরা থম্মোয়দা
করম্না হাংখি নঙনা, খঙছৌদে,
লৈরম্লে নঙ, হান্না লকানুংদা
ফিজিনা নমায় খুম্না, উছৌদে।

য়েন্নীংথানা মীরাইরবা পুন্সি,
য়েন্নীং হুন্দ্রবা ঐগী আশাসে
নঙগী নুংশি মীনোক 'মদা ঙসি
করম লৈশাৎ তমখিবা, ঙক্কসে।

কদায় চৎলে, নুংশিবা ! 'দুগবু
চিকমাঙ মাঙখ্রে নঙদি, অঙকপনি,
কয়াদ থাজরুই ঐনা নঙবু
কদায় থিরুনি ঐ, অরাবনি।

নঙনা চৎখি নীংঙাইদনা অদুম
ঐনা লৈছৌই য়েংদুনা অসুম।

## নোংছৌ

### ৭

নঙনা লাকখি কেথনা লম্বীথক
খোঙথাঙ খুদিংগী খীকথরদুনা
পূমচাই হেক চাইনা মনিমুক্তা ঙাক
ঐগী মাঙদা তৌগে মতাগুম্মা।

নুংশিবা ! কয়াম ৱায় খাঙবদা ঐ
পাঙ্গলসু লৈতা ইশক উৎপগী।
লৈখিবনি লোত্তুনা ৱানা ঐ
য়েংঙমজদা ঐ নতৌদো নঙগী।

চুম্ব্রে মপাল নঙগা করি থোক্লে
হৈখা মপাল্লক্তা লোৎলম্মী নঙ।
শকথীবা ঐবু করিগী লক্লে
খঙনখি নুমিত্তুদা নুংশি নঙ।

নঙগী খোঙথাং ওইখি ঐগী মিহুন
আ: খঙহৌদ্রে ঐদি নঙগী নগুণ।

## ৮

নঙনা কেরা কেরগা ঐ লৈখি
লেপ্লদুনা মিংশেল মাঙদা তুমিন,
তুংদা নঙনা ইশি শিনা নোকখি
তারমদাই কোরৌগুম ঙাঙখি মিরেন।

নঙনা হায়, ঐবু, 'থীসু থীগ্রেমা'
হায়র হায়রগা থীজিল্লকই 'সুম
ওইখি ঐনা থাশি, নঙনা পূর্ণিমা
পল ওইরকই 'সুম, ঝাংলকই অদুম।

নঙনা উইশিল্লি মিৎ, ঐনা পাঙলি
ঐনা য়েংজে নঙবু, নঙদি কদায়,
নঙালবু চুপ্লি নোংইনবু ওল্লি
মাঙখি ঐগী ঝাখল খঙহৌদা স্বায়।

ফিগাউ শানা পুগেবু খল্লুরে
থাজদি পুবা য়াদে কাউরুরে।

# নোংহৌ

৯

অকায়বা মিংশেলদা তারিবা মি
নোংথাঙ মঙালনা চিংলিবা লৈই,
ঐগীনি, নঙনা ঐগী মশেন্মি
মশীং থীবা ঙমদ্রে থম্মোয় মই।

খাঙব য়াব খাঙলি ঐসু নঙগী
পেন্দে 'দুমক্তদা চাইশিল্লি থুম,
চোংহল্লি ঐবু ফ্রিং ফ্রিং মৈশাগী
নোক্লি নঙনা মদু উরগা সুম।

নীংবা কায়ব, ঐগীদমক নত্ত্রা ?
কায়দুনতা লৈরবনি থম্মোয়
নুংশিবা ! নঙনা থুগাইখি নত্ত্রা ?
খঙই ঐ, সিমক্তদা পেল্লম্মোই।

খাঙবগীসু পংখৈ অমদি লৈ
থম্মোয় পান্দবৈসু পোলোইদি লৈ।

## ১০

নঙনা পুখি ঐবু লৈকোলবু লান
থনম্মী অমুক লৈকংলা য়ায়দা,
ঐনা তান্নরুই অপাইবা লৈচিন
তারক্তেদো ঈরিক 'মফাও য়াদা।

লেপ্লম্মী, চুমথাঙ মখোঙদা নঙ
লৈতৌরি ঐ ফংলোইদবা য়াইগী,
কৌরি ঐবু ঈশিংচাইবীদা নঙ
ফংলি ঐনা চৈনাখোল চীংমায়গী।

নঙনা ওৎলি ঐবু নুংসু পানসু
অদুবু ঙাইরি মীনুংশি ঙসি,
নঙগীনা নোংমনি যুগ কয়াসু
ঐগীদি যুগ অমনি নোংমসি।

লাক্লোই খঙনা ঙাইদৌ শরুক নোংমা'
লাক্লি খঙনা ঙাইগে ঐ যুগ অমা।

## ১১

নঙনা চৎখি শাদানবৈ শক্তম লৌ
থারল্লগা ঐঙোন্দা তেন পূম্নমক,
ঙাইরি ঐনা য়ারৌ শক্তম লৌ
পীরমগে হায়না থম্মোয় অসিমক।

শিসু শিহন্দা হিংবসু ঙমদা
থমখি নঙনা ঐবু শিদে খাক্লা,
য়েন্নীংথাগী আশাবু থাঙমদা
লেপ্লম্মী ঐ নঙগী নাক্তা কুইনা।

নমায় চাম্ম লোঙবা নুংশিবা নঙ
থম্মোয় পাল্লি হায়বদি ঙল্লোই ঐ,
পাল্লবদি হায়য়ু, য়েংঙুসে নঙ
কৎলমগে থব্রায় নঙগীদমক ঐ।

খঙউদ্রে ঐদি উতোংনি নঙসি
হোৎনরুই ঐনা থলহনগে মসি।

# নোংহৌ

## ১২

লাকখি নঙনা নোংমা মঙালবু ওই
নত্তে থাজগী, নত্তে কোরৌগী,
চঙখি নঙ লকানুং লৈনম্বু ওই
পীরম্মী 'দুগা মৈচাক নোংথাঙগী।

নঙনা মম্বদা থব্লায়সিসু মম
নঙনা ঙানবদা অমুকসু ঙাঞ্জা,
নঙগী ব্লাখন্দা তুমিন্নবু ফম
য়েংলি নোংদোন কুমদম্লক্লি খঞ্জা।

চোকথরা ঐগী থব্লায়সে ঙসি
ওল্লে ইঙাগী নোংজু কুমগাংদা,
থৎলগে লেপ্লে নঙগী লীপুন্সি
লৈরসু ঐনা নঙবু মকাউদা।

হেকখি নঙনা সুম ফজবদা খন
খাঙহৌই ঐনা হল্লকখিনি খন ।

## ১৩

শাক ফজবী নঙবু মাঙদ ফমহন
থাজবা কৌবা তুরি খুৎনা পায়
থম্মোয় লাইয়ূমদা য়েকশিনগেবু খন
চুমথাঙদগী মচু ঐনবু ৱায়।

মিৎলুদগী তারকপা পিরাংনা
পামজবা মচু তা-নবা শেল্লে,
য়েক্লি নুংশিবা কৌবা তুরিনা
ও ! য়েক্ল য়েক্লা পিরাংনা চাল্লে।

লৈঙোইদা তাব কৈদৌনি খোঙ্গূল
ঈথক্লা খঙবীরোই চামখিনি সুম,
লম্মেনা চাক্ল কারবা চীঙ্গোল
মালংনা খঙবীরোই নৈগনি 'দুম।

লৈঙোই মরিক্তা য়াওখিবনি ঐ
তাঙ্গোয় ওল্লসু পাইরক্কেকো ঐ।

## ১৪

ও ! তুমশিল্লকুবা পামেল মা-ন
করিগী লেপ্লম্বা উনলেন খাঙলা,
খঙবীদে শাৎলিবা লৈরাং মা-ন
য়েংবীদে হন্নফাও পামেলবু তল্লা।

কপ্লি পামেল মাদি লৈরাংবু য়েং
মশীং থীরি কেনখিবা লৈনাদো,
ফজবা শক হুন্দোক্লম্মি হয়েং
খঙজদে লৈরাং, ফল্লি লৈকাদো।

লৈকাদগী থোরকপা লৈনম মাসু
খঙদে লৈরাংনা করিগী শাৎলি,
পাইখি নীংতম্লা, য়েংদে হন্নসু
লৈরাংদি কপ্পা উফুল্লক ওল্লি।

চীংদোন্না লেপ্লি নোংলিক্কীদমক
লৈচিন্না পাইখি মালংগীদমক।

## ১৫

নঙনা শক্তী নাপল, ঐনা নোক্লি
ঐনা থম্মোয়গী ৱা, নঙনা য়াদে,
শক্তী লান, থম্মোয়গী সন্ধি ৱাৎলি
নোংমা পিদু তারক্লি, নঙ খঙদে।

নঙনা নুংশিরক থিরক্লা ঐবু
কপকনি, খুজিন্না খোৎলা মংদু,
মঙলান্দা লাক্কে খল্লসু ঐবু
তূল্লমদে নঙদি, মঙলমদে মঙদু।

মথঙগী মপোক পাল্লসু নঙনা
ৱাশকখ্রে ঐদি পোক্লিংদ্রে অমুক,
বর নিরসু  নঙনা লাইদা কন্না
লেপখ্রে ঐদি হায়জররোই অদুক।

নোক্লা হিংখি নঙ, কপ্লা মশিনি
কপ্লা হিংখি ঐ, ঈংনা মচৎনি।

## ১৬

কয়াদি ফজৈ নুংশিবী নওসে
থাজনা কৈদৌনি, মায়হিং কায়দো,
শজিক থবাসুনি, তনিকইসে
পেন্দে য়েংবগী নওগী মায়থোংদো।

করি মতৌনো 'দুবু, চান্নবী !
মায়থোংগী মঙাল থম্মোয়দা তাদ্রে,
থম্বালগা লৈনমগা কায়নরবী
থাজনা থাবল কাউরবী, চুমদ্রে।

ওইনীংবা ওইয়ু নওসে, মরাকউ
য়েংদা য়েংলম্মু 'মুক্তং ঐঙোন্দা,
হরাউনা লাকউ, মোমোন্তা নোকউ
সিনা লোইরে হায়দৌবা, নঙোন্দা।

থম্মোয় শোকহনগনু পুজনি পাপ
থবায়বু কপহন্নু ফংজনি শাপ।

## ১৭

চান্নবী ! শেংনা পামজখি ঐনা
নহাক্কী থম্মোয়দু ফাওনা চৎপা,
থম্মোয় লৈয়োন্দে নুংশি ঈরিক্লা
ইশা পূম্বা পূমচাম হেক চামথোকপা।

'দুবু নঙগী থম্মোয় নূং ওল্লগ্লে
নুংশি ঈচেন্না কদায় লকানুং
'সিনা পেল্লগে, শোকপদি ফংলে
মৈচাক পূম্বা পুরসু ইথানুং।

ঙংলম্মিংখি ঐ নাপ্পদা নঙবু
হন্না হন্না নঙনা হেক তাদ্রিফাও,
থেন্নম্মিংখি ঐ খোইমুগুম নঙবু
নঙগী থম্মোয়না মহী চেন্দ্রীফাও।

'দুবু আশা থাদোক্লে ঙসিদি
লৈচিন পাউজেল থাররোই ঐগীদি । ০

## ১৮

ঐনা তাখি নোংমা, খোম্থাং অমা
য়াম্না নুংশিনা নঙগী চীনবান্দে,
খোঞ্জেন্দুনা পৃথোকখি থবায় মা
কৌর কৌরগা মায়কৈ খুদিংদৈ।

নঙনা তম্বীখি ঈশৈ মঙলানগী
শক্লোইদবা তাইবঙদা 'মুক্তসু
নঙনা য়েংহনখি জগোঈ আঙ্গরাগী
উরোইদবা পুক্সিদা 'মত্তসু।

ঐনা চেল্লুই নীং তেক্লা নতুং ইন
মাঙখি নঙনা চেক্লা ওইনা চীক্সাঙ,
তান্নখি 'মুর্কসু ফংখিগদ্রা খন
চৎখি নঙনা ওল্লদুনা নোংথাঙ।

সুম্না লোইখি থাজ-নোংইন' কুম্মৈ
থা-র লৈচিন্না খল অহীং মমৈ।

## ১৯

নঙনা হূখি নোংমা ঐগী থম্মোয়
ঐনা লৈহৌই অদুম য়েংদুনা,
নঙনা চৎখি পেল্লদুনা, কদায়
ঐগী ৱাকৎ 'মতসু তাদনা।

অমুকসু থাঙ্গৎখি খাংদ পেন্দা
মৈশা পূম্বা পীগে খন্না ঐবু,
মচেৎ তানা শেগায়খি ইমাঙদা
খাঙলি ঐনা চৈনা পূম্বা 'দুবু।

অদুগা নঙনা তূম্লি, মঙলি মঙ
শংবান অতিয়াসু তূম্লবকাল,
ঐদি ফম্লি ইদোম মিৎশেলবু খাঙ
য়েংলদুনা ঈংলা থাজ মঙাল।

নাপল তৌরি নঙ শক্তুগীদমক
ঐনা পুরি চিন্তা সিগীদমক।

## ২০

কাউগে য়াদে, খঙদে করিগীনো
লমহেনবা থবায়সে হেক্তা মাঙখি,
খল্লরোই য়াদে করি মতৌনো
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অরেম্বা তাখি।

নৈদুনা লাক্লিবা নুংশিৎলক্তা
থবায় মাসু য়াওশিন ফৃরুই থোঙনাউ,
লাউরুই নঙবু, 'হৌগৎলু অমুক্তা'
খোংলিবা নোংগী ওন্দুনা খোল্লাউ।

নঙনা হৌগৎলা থোঙনাউ থিংবকাল
হুমদোক্লুই পেন্দনা নঙগী শল্লাং,
শেমজিনখি নঙ, নঙগী কোন্ন ফিজোল
য়েংলদুনা তথক খাক্লিবা নোং।

চোকথরা মাদি লাকখি ব্রারৌনা
লোনখিমাল্লে নঙ থোঙনাউদু কন্না।

## ২১

নোংসি কনগ্রেদা, হৈদোকপগুম্লি
ঐগী থম্মোয়নুংসি মিপাইরকই,
নুংশিৎসু য়াওরক্লে, নৈখায়রক্লি
ঐ তশেংনা থৱায়সি ৱারকই।

করিগীনো ঐনা তূমদ্রিসিনা ?
কদায় ৱাখলসিনা মরী মরী,
কৈদৌরে ঐ তুমিন লৈরিসিনা ?
মসা তার’ কাকয়েলগুম ঐ লৈরি।

মায়কৈ পূম্বা শুক শুবগুম মমখ্রে
থম্মোয়নুংদা ফাওরক্লে মঙাল ’মা
মৈনুংদা চঙলবা সনাগুমখ্রে
নুংশি মৈফমদা ঈক্লে থৱায় মা।

খঙলক্লমাল্লে ঐহাক্কী থম্মোয়
লংলক্লে সনাগুম ঐগী থৱায়।

২২

নূংগুম কল্লম্বা থম্মোয় পেৎলক্লে
মান্নি লৈচিন ফাওথরকপা থাবল,
চাক্লম্বা মৈতালসু লোথরক্লে
নত্তে 'দুবু খুইথরবা লৈয়োল।

লাক্লে তান্নরুবা লাম্মী পূম্বা
চঙখ্রে মফমদা থারগা খুৎলাই,
পূল্লে ৱাখল, থম্মোয়, পূক্লিং পূম্বা
থেঙলা অহীংদা ৱারেপ লৌরমদাই।

য়েক্লবসু মরুপ 'মুক মওল্লি
অশাউবা মানা মাঙখ্রবা মতুং,
শাপকী মহুৎসু বরনা মশিল্লি
মৈচাক্তুনা মীনুংশি ওনখ্রা তুং।

মীনা মীবু থোক্ক্রে লমন খুমফম
মৈবু মৈনা থোক্ক্রে মুৎপা ওমফম।

## ২৩

করি লৈরি, চান্নবী ! অরেপ্পা
নঙনা চৎলি তিংখঙলক, কিদনা,
ঐসুনি তল্লি লৈখোমদা লেপ্পা
খঙদে, চৎখি মতমদি তাক্তনা।

শাৎলিবা লৈ খঙলোই কৈনো উফুল
পাইরি লৈচিন, খল্লোই কৈনো লৈমায়,
হোৎলি নঙ অঙ্ক, তারোইদবা ফল
পুম্সিদি শ্লেটনি, 'মত্তনি মমায়।

পঞ্চভূটনি কাউরবা থব্রায়দু
নীংঙমদা মৈনা চাকপা তাবনি,
নিষকাম করিনো খঙদ্রা মীওইদু
কপ্পা পুল্লি লেঞ্জগে হায়বনি।

নীনীগী চেংজেল পুরকপা নঙ-ঐ
খঙলুদ্রে মশক্তু কনানো 'ঐ' ।

## ২৪

মিংশেলনা নওবু মীনল্লা মতম
লৈতানা নওনা য়েং, মিবু উরক,
খওলক্লি পুন্সি, কপ্লক্লি নদোম
থিরক্লি নওনা খা চিক্লা লৈক্রক।

নুপীগী মরল শক্তা ময়াওদে
লমচৎ য়াওদ্র ফজবা 'রেম্বনি
লাইজনি মাদি খজিক য়ুফদে
য়ুববু হৌরা মাওখি তাবনি।

ব্বারক্কী তয়াল, কান্নদে নাপল
লৈনম য়াওদ্র লৈ মদোম কেনখিদো,
নঙোন্দা শক পী, মদুগী মঙাল
খওজদে নও মদোম মমখিনিদো।

ফজবা শক তাৎনি কুরাংবানগী
ফজবা লমচৎ লন্নি থম্মোয়গী।

## ২৫

লমহূইনা হায়, 'অঙ্গুর শীল্লি', নত্ত্রা
দোষ লৈ, মদুদি কল্লক কঞ্জাওনি,
ঐদি হায়রোই কৈসু নঙবু, ফত্ত্রা
খনগনি নঙনা কল্লক য়েংথিনি।

সিমদি হায়গে, 'নঙ ফনা লৈয়ু'
থাগৎপা নত্তে নঙ থৌজালখক্কী,
'মিৎয়েং শোয়রে ঐগী' নঙ মহায়যু
চাকহন্নীংদে মৈনা অনুতাপকী।

নোংথাঙ পুরবা লৈচিন পাইঙল্লোই
তীন্না চিক্লা লৈ, কয়াম নৌবগে,
মৈ পুরবা চীং কুইনা লেপঙল্লোই
নঙনা খুইথবা কয়াম কুইদগে।

নঙগী ফজবা কন্না মশেঞ্জৌ
নঙ খঙদা অদুম মাঙখিনি, থাজৌ।

## ২৬

নঙ খঙহন্নীংঙি, ঐ য়াম্না হোংলে
সনাই শজিগুম লাকউ, য়েংলরোই,
থম্মোয় পান্দে হায়বসু ঐ খঙলে
কোকিলগুম খোংলকউ, ঐ তাররোই।

থাজরমদবা, য়াই থাজরকপা
থাজবা মাঙখ্রদি পুন্সিগীনি,
নুংশিবা, খঙদে করম হৌরকপা
নুংশিবনা খা-র লোইরবনি।

ঋাহেনা ওইজে লৈতেং চিন্বানগী
ফজবা লৈরাংগুম চিন্নে মাবু,
মায়থোংনা ফজবা, ওই হকচাংগী
শোক্লুবা ঙমদে মানা থম্মোয়বু।

নঙনা পুরি খোমদুনা চেগায়ঙাক
মঙালবু ফাঙম্লা য়েংঙু নহাক।

## ২৭

চীংদোন্দা পক্কি লৈচিন, পকসনু
ওইররোই ঐদি নোঙ্গৌবী অমুক,
লৈকাদা য়াওরি লৈহী, য়াওসনু
ওইররোই অমুক খোইমুদু ঐহাক।

য়ূমদি মরৈরে মীদি লৈঙমদে
খঙব্রা নঙবু, হায়য়ু করি য়ূম্লো ?
ঈচেলদি লৈরে ঈশিংদি য়াওদে
খঙব্রা হায়য়ু নঙ, করি ঈচেলনো ?

ঙম্মী নঙনা ঐবু মৈচাক পীবা,
নঙনা মচৎখি য়েন্নীংথা পু-র।
ঐনা মঙম্মী মৈচাকসি খাঙবা
ঐনা লাক্কি নোংজুথাবু ওই-র।

নঙনা মী চিক্লুরা লিনগী শাজৎ
ঐনা লাইজ খিক্লা লৈচিন খোঙচৎ।

## ২৮

ঐনা চৎলি অঙাওবগুম, পক্লা
তৃম্মী 'দুবু নুংঙাইনা নাপীথক,
ঐ কৈসু হায়দে নঙোন্দা, নত্ত্রা
তৃম্লম্লোই 'দুবু ৱাখন্দা নহাক।

ঐনা নঙবু মঙদা উই, মরম লৈ
চেনখি ঐনা নোংমা মালংদা পাউ,
থাজ, লৈচিন ঐ হায়রোই, ৱা 'মা লৈ
কাউবা য়াই, য়ামগ্রে পুরিবা মীপাউ।

নঙনা পনখি গ্রহ 'মগী খোঙচৎ
চেক্লা ওন, তুফাং খপ্না পাইনীংখি,
কাউরম্লনি নঙ, নঙগী মাঙলমচৎ
কাউদে ঐদি, ৱা 'মদি হায়নীংখি।

হংনীংঙি, লাই তোংঙৈ ঙাঙলম্বদো
নীংশিংলিদ্রা পূম্নমক মাইবীদো ।

## ২৯

চান্নবী ! সিমদি হায়জবা তাই -
ঐগী মঙলান্দা নঙ 'মুক লাক্লনু,
তূল্লিবৈঙে ঙহাকসিদং ঐ পোত্থাই
মঙদসু ঐবু 'মুক ম্বাহল্লনু।

নীংশিংবগা ঐগা শোক্লরি লান
প্রলয়গী নুংশিৎ লকানুং শিৎলি,
তৌরোই কনাসু দোষ, মান্নি ইরান
বজ্রগী মৈশা উপালনা খাঙলি।

হনখো নঙদি মায়পাক্লা থাজগুম
পা-র লৈচিনগী ইন্নফি ইন্না,
লৈহৌগে ঐ তারমদাই কোরৌগুম
মৈচাকপু পুনা, ইমায়সি ঙাঙনা।

ঙাল্লু, নোংইন মাগী আশাদা, নঙ
মাঙখিগে ঐনা ওল্লদুনা মং।

৩০

অতিয়াসি পাকইদো, পাকসনু
নঙগী মিংয়েং 'মদা কৈসু নত্তে,
থাজসু লাপই 'দুবু লাপসনু
নঙগী য়াথং ঙাইজবনি, ঙক্তে।

নুংশিবা ! 'দুবু করি মতৌনো
অতিয়া পুম্বনা ইথক্তা নন,
থব্রায় হকচাং চাক্লে, কমদৌসিনো
থোক্লিবা নুমিৎনা মৈচাকপু ওন।

নুংশিবা নঙদি 'মত্তা ওইবনি
পুন্সিদা ঐগীনি তন্নমদ্রবা,
কায়নবা মানা অনী থোকপনি
ঐগীদমক ওইনা থনম্নবা।

পুন্সি ! মায়থীরে হায়দি হায়ঙল্লোই
নুংশিবা ! নঙগী লানফম লোইখিরোই।

## ৩১

ঐ কপই 'দুবু করিগুম্বদা
খন্নু মদু ঐগী অশোনবনি,
লৈচিনসু কপইদো নোংমদোন্দা
হায়নু মদু মাগী অশোয়বনি।

কপ্পা নত্তে মা নোংথাঙ কায়নবৈ
নত্তে মা অখাক অরাউ কিবগী,
কপ্লি মহাক মীনুংশি খঙলুবৈ
'তিয়াবু মানা নুংশিরুবগী।

কপ্পা নত্তে কায়ন মৈশাগী ঐ
মৈচাক্তা হাপ্পনি মৈরীক 'মখক,
কপ্লিবনি থম্মোয় পাল্লুবৈ ঐ
নুংশি হৈরুবগী থম্মোয় মহাক।

য়াংজৈ মশা কপ্লগা লৈচিনসু
পেঞ্জৈ থম্মোয়সি কপ্লগা ঐসু।

## ৩২

চান্নবী ! তূম্মু নঙদি নুংঙাইনা
হারৌফাও ননাক্তা খোংদসনু,
নোংনৈ নুংশিং শিংসনু কোইনা
নঙগী মঙলান 'মফাও কায়দসনু।

লাক্লে থম্মোয়নুংদা কুমগী নোংছৌ
তূন্নরোই অমুক ঐহাক্তি ঙসি,
পারে থম্মোয়সি, নুংশি ঈফুৎ হৌ
থিংবদি ব্বায় ঈহৌরক্লা পিসি ।

সমুদ্রগী ঈমায়দি তপথম্রে,
নুমিৎচুপ্পা মংলম্বা নোংয়ামদো
য়েংঙুদো, নোংজাবী ঙম্না ওনম্রে,
কদায় চৎখ্রে, ঙংলম্বা ময়ামদো।

চঙখ্রমাল্লে ঙম্নমক লকানুং
ব্বাজরে ইদোম নুংশি মশুংলাং।

৩৩

কূমথরকউ চান্নবী ! ঈরোন্নুং
উগনি নঙ কয়াম ঈং-তপ্পনো,
চঙলকউ নঙনা ঐগী লকানুং
হায়গনি নঙনা কয়াম ফরিনো।

ইরি ঐনা নঙগী শৈরেং ঙসি
অশাউবা য়াওদ্রবা বাহৈ ঙাক্তা,
ঙক্কনি নঙ কয়াদনো ঐসি
মৈগুম চাক্লম্বদুনি ননাক্তা।

পুন্সিদি হিনি কায়রবা মপান
হোল্লি মানা অতেক-অকায় ময়াম,
নঙসু ঐসু য়াওরে, উদ্রে তোৰ্বান
খঙলদি হায়য়ু নঙ, বাৎলি কয়াম।

লূপখিনি নঙসু নোংমা, খঙহৌরোই
কোঙ্গোল 'মতং পীরন্না, উররোই।

# ৩৪

অপাম্ব য়াওদ্র নুংশিবা লূজে
নাপল য়াওদ্র মিৎয়েং, কয়াম ঈংই,
তারমদাই কোরৌসে কয়াম ফজে
লৈচিন পক্ত্রা 'তিয়া, কয়াম শেংই।

মেরাগী থানিলনি নঙ মদুদা
ওইগে খনদ্রে অমুক নঙবু ঐগী,
ঙাল্লু নঙ মোং-হাদনা নোংদোন্দা
য়েংজগে নঙবু মতম পূম্বগী।

য়েংঙি 'মুকসু শীদোক্তুনা নঙবু
কয়াম নুংশি মতমদুদা নঙসে
কদায় চৎপ্রে ফজবী কুচুবু
থব্রায়দু ঙায়রে নঙগী লেপ্লিসে।

কৌরকই ঐবু নঙ' শরূ পোলাং
থাকঙমদ্রেদো মোমোন মীনোক্কী লাং।

## ৩৫

থাদোক্লো চান্নবী ! নঙগী নাপল
খঙঙু নঙগী অশেংবা নশকু,
উব্রা থাশিদা থাজগী মঙাল
য়েংঙু মুন্না তারমদাই নুমিত্তু।

উরোই মদুদা তঙাঙবী চিনবান
কদায় নঙগী মরৌ লৈবা মীনোক,
কদায় নঙগী মনিল নাইবা শাবান
কৈদনো মীফা মীপুনবা নশক।

য়েংলকউ ঐবু নুংশিনা 'মুক্তং
হায়য়ু চান্নবী নঙ করি ফাওই,
য়েংবিয়ু মিৎ নহাসি ফাওনদং
নঙগী মিরেন নত্তা করিবু উই।

নীংঙল্লক্লোই নঙ শোয়দনা নোংমা
খন্নি মীরাইবীথ্রে থবায় অমা।

৩৬

মালেম অতিয়া উনফম থিনু
চুমথাঙ মখোঙ তৌনু চান্নবী নঙ,
তেনখ্রবা পুন্সিনি, লোইহ্রোই খন্নু
করম চৎনি কৈসু থনমদা নঙ.।

থাজসু কল্পনানি, মঙলান্নি
লৈচিন্দুনি পুন্সি হায়বদুনা,
অতিয়াদা ওহাক্তং পাইবনি
অদুদৈ তাখিনি চীং-পাৎ থুংনা ।

শিন্নরকপা পোৎ অমা অদুগৈ
ঙসি নশানা খঙজদ্রে থিফম,
লৈরে লোৎনা লকানুং ঙাঞ্জগৈ
তান্না ময়েংনু কায়নবু মিৎফম ।

নমাঙ থাখিনি ফজবা নশক
ওনখিনি লিক্লা নুংশিবা মীনোক।

## ৩৭

ফজদ্রা য়েংঙু মহৌশা খুৎশেম
নুমিৎ থাগী খোঙচৎ কায়দ্রি, য়েংঙু,
থাজগী মঙালসু ঈংলি অদুম
অদুম শারি কোরৌ মঙাল, খঙঙু।

অদুবু করি মতৌনো খঙদ্রে
মায়থোঙ থাজদা করিগী মৈশা,
নীংথিবী শক, নূংগী থম্মোয়, পেন্দ্রে
মৈশা পুম্বা পীরম, চৎত্রে নশা।

লৈনম্মা তাকপনি লৈরাং লৈশক
থম্মোয় লৈকা হাইদোকউ চান্নবী,
থেংননি শোয়দনা নুংশি ঈরিক
ওইগনি মদু নঙগী পকচবী।

মহৌশাগী খুৎশেম লান্দসনু
নঙগী থম্মোয় মহী চেল্লকসনু।

## ৩৮

তপথৌ চান্নবী থম্মোয়দু নঙগী
ফজবা হায়বু করিনো, হায়যু,
থম্মোয়গী মখা পোম্বনি মীগী
হান্নগী থাজ থোক্লিব্রা থিয়ু।

থাজ মঙাল থোক্লে ঐঙোন্দদি
ঈথক জগোঈ শাদ্রে মহৌশাগুম,
লৈচিল্সু ঐবু থিদ্রে ঙসিদি
উরে পূম্নমক ঐ অশিবগুম ।

থম্মোয় মৈচাক নোংজুনা মুৎঙল্লোই
অফবা পূক্লিংনা মুৎলু মৈচাক।
'তিয়া মচু লৈচিন্না হোংঙল্লোই
অঙাওবা ব্রাখল খামজিল্লু নহাক।

থম্মোয় নঙগী থাজগুম ঙালহল্লু
ব্রাখল নঙগী 'তিয়াগুম পাকহল্লু।

## ৩৯

লৈই কয়া বিন্দু দা উননি
লৈই কয়ামসু চৎখিবা য়াই,
চৎখ্রবা লৈইশিংনি ইবানি
অমুক উনবা ফংলদবা য়াই ।

নঙগী লোইনাইদা খোঙচৎ লৈসনু
মপোক অমদৈ 'মা মথঙ মথঙ,
ঐগীদি মপোক 'মা লৈত্রসনু
ফংনীংদ্রে অনৌবা চৈনা মথঙ।

নঙনা নোংদোন থাজ, ঐনা তন্দন
পুন্সিগী লোকুংদা ঙাল্লদৌবা,
ওইয়ু নঙনা চীংলাইবক্কী চন্দন
তাইবঙ পৃম্বনা মিতা-নদৌবা ।

য়াইফবতা ওইয়ু চান্নবী নঙ
ওইরসু ঐনা কান্নদ্রবা মঙ।

## ৪০

লাকখি নঙ মঙালবু ওইনা নোংমা
অদুবু থাশি ওইনা হন্দৌরে,
পুথরি নঙবু কল্লা ঈরে 'মা
খঙঙি ঐ , নশক্কীদি মৱারে ।

তাল্লা লমদম 'মদৈ থুংলবনি
চংখিনি নঙ 'মুক খঙদনা মফম,
লুরিদি পোক্লিবা মপোকসিনি
লৈরে 'দুবু নঙ খঙদনা তৌফম ।

পুরকখি নঙ খুবাম্লুংদা লৌশিং
চত্তৌরে খজিকফাও হাংদনা নঙ
থিরি নঙ পান্দা, লৈরে লকানুং
চত্তৌরে নঙ অমুক মঙদুনা মঙ ।

হিংলিঙৈদা খঙলোই নঙ কনানো
শিরগা তাক্লুম্লি নঙ করিনো।

## ৪১

মাঙগী ঈথকসি কনখ্রেদা, য়েংউ
নুংশিবা থারো, পাম্মুবা কল্লু,
ভুংগী নুংশিৎসি ঙাওখ্রেদা, ঙাকউ
খুৎকী নৌরেল থাগনু, মহোৎলু।

নঙগী থবায়দা হংজৌ কমদৌবা
পূক্লিং ঈহুল খাম্মু, ব্রাখল তপথৌ,
নুংশিবা চাম্মা চেনখ্র কৈদৌবা
নদোম হংঙু, নদোম খুম্মু, ঈংথৌ।

নক্ত্রে মতম নঙ-ঐ খৎনবগী
কোরৌহনবা মাসু চায়থরক্লে,
পোলোইনা ঙাইরি পুগদবগী
খল্লু মুন্না পম্বুংসু নক্লক্লে।

নুংশিদ্রা লোইহন্নীংদে পুন্সিসি
পাম্মুদ্রা মাঙহন্নীংদে থবায়সি।

## ৪২

নঙগী নুংঙাই মিংকুপ নঙগী ওইয়ু
হায়ররোই ঐ অমুক পীয়ু হায়না,
অব্বাবা মিংকুপ্তি নঙগী, হায়য়ু
তৌনু লৎনবা লমলানপ্রে খন্না।

মরুপ চাংয়েং নুংঙাইবদা নত্তে
মৈনুংদা হুঞ্জিল্লা খঙগনি মা,
থম্মোয় মমল য়াইফবনা লেপ্তে
অব্বা-মৈশা লাংহল্লা খঙনি মা ।

লৈসনু মেরু অমমম নঙ-ঐ,
নঙনা ঐবু কাউখ্রবসু পূমকাউ
হংবদি তোক্লোই নঙগী পাউবু ঐ,
ওইনি নঙগী লাইনীং লাকঙমদ্রফাউ ।

নঙগীবু য়াইফনি হায়রবদি
হেক্তা লৌনি ঐ অপীবা দন্দি।

## ৪৩

নঙগী নত্তেং অমগীদি ঐনা
ঙম্নি খোঙনা লানবা মরুভূমি,
নঙবু কনবৈনি হায়রদি ঐনা
উন ওল্লা তুরেল লাল্লকপা ঙম্মি ।

চৎহন্নীংঙি নঙ তেঙ্ঙেগুম চুমদ্রিং
লূহন্নীংঙি লিক্লাগুম নথম্মোয়,
শেংহন্নীংঙি সনাগুম নপুক্লিং
থুংসনু ৱাখল অতিয়া মকোয়।

ওইরে ঐদি মায়থীরবা লান্মী
নুংশি লানফমদা নঙগী, অদুসু,
তান্নি পন্থুং, উরি মমি শান্নি
পুগদৌরি শোক্লা থম্মোয় 'মসু ।

আশা 'মখক্লি ঐগী হায়ববু
করম চৎনি আশা য়াওদনবু।

## ৪৪

নঙনা নুংশিবা মিৎকুপ অমদা
ইবা থোক্লা ঐগী মিং লকানুং,
মুথৎলু নঙ কাউনবা মদুদা
লৈফম থোক্লে মা নঙগী থম্মোয়নুং ।

তাইবঙ মীওইবদি শি-ন-বনি
কায়নবা হায়দুদি নোংমা শোয়দ্রে,
ফজরে ফজা, থীরে অহ্নানি
মাঙখিনি লোইনা, ঐদদি কাউদ্রে ।

থম্মোয়দা য়েকশিনবা নঙগী মিংলেন
পুদুনা চৎশিনগে লকানুং 'সুম,
মুৎলু কৌবা য়াদ্রে নঙগী মিরেন
তিনশিনসনু ঐগী ঈচেন্দা 'দুম ।

ঐগী হকচাংগা মা মাঙশিসনু
থবায়সিগা মা 'মত্তা ওইসনু।

## ৪৫

নঙনা শিগ্র 'তুং খঙনীংবশিংনা
য়েংসনু লৈহাউ লৈরেন কুচুঙাক,
নঙগী তথকপা মিৎস্নাদুগীনা
য়েংসনুকো মুনা লূবা ঈপাক।

য়েংসনু লোইবী নাপোম পিশুমগী,
নীংথিবী মায়থোঙনা থাজবু ওই,
তইংবী মালংনা স্বরনি নঙগী,
শুক্লা অহীংনা নঙগী শল্লাং ওই।

নঙগী মীনোক্তা ঙাওগনি লাইসু
য়াওরি খোঙথাংদা হকচাংগী ঈপোম,
নঙগী মিৎয়েং লানঙল্লোই কনাসু
চিনবানগী শম্বুনা ওইরি মোংফম।

নঙগীদমক ৰাবা কৈসু কায়দে
মৈরাম্বীসু মৈ কিবু মহায়দে।

## ৪৬

ঐগীদি খোঙ্গূল পূম্বা মুৎসনু
কপ্তুসনু কনা ঐগীদমক্,
কনাগী ৱারী ঐ য়াওদসনু
তোন্নিংদ্রে লমন ঐ মীগীদমক।

ইদ্রে 'দুনা কদায়দসু ইমিং
চৎলবনি ঐ অরোইবা ওইনা,
হায়বমগে নঙোন্দা ৱা অসিদং
পুরে ঐগীদি মৈচাকসি ওল্লা।

নঙদি হিংহন্নীংঙি যুগ কয়াকাও
সুম নৌনা, সুম ফজনা থাজগুম,
ইরি 'দুনা শৈরেং লাপ্পুব্রকাও
মৈচাক মুত্ত্রিঙৈ, নংলোই মতাগুম।

নীংশিংলক্কা ঐবু, নঙসু পাউকো
পিদি অমত্তা নঙ তাহন্নুকো।

৪৭

হায়জররোই ঐ ঈশ্বরদা অমুক
মরম চাদ পুন্সিসি শাংনবা,
ইরাল কোকপীয়ুসু হায়ররোই খক
কোকপীবা ইরাল পামদ্রে থনম্বা।

মথঙ মপোকসু ঐদি পামজদ্রে
করিবু হেন্নি ঐগীদমক্তি,
করিশু হেন্না মাগী তৌখিদ্রে
করম তান্নি ঐনা পুন্সি মুক্তি।

ঐগী মৈচাক মৈদা তিনখিসনু
মুৎপা নাইদনা চাকহৌনবা 'দুম,
ঐগী হকচাং লৈবাক 'দুম ওনসনু
মৈচাক্তু মানা ফংহৌনবা 'সুম।

মহৌশা লৈরিখৈ চাক্লি মৈসু
মৈচাকতু ফংলদি কাউরোই ঐসু।

## ৪৮

ঈরাউখোল পুনা চেনবা তুরেলসু
তপথরকই ঈপাক সুম নক্লগা,
মৈশা পুনা থোরকপা কোরৌসু
মেঙলকই সুম নোংচুপ পাংলক্লগা।

করিগীনো খঙদ্রে, ঐ, চান্নবী !
থনুং' মৈচাক্লা লিক্লাবু ওল্লে,
থৌদু নৃংদৈসু হেন্না কল্লম্বী
থম্মোয়সে ঐগী, মহী চেল্লক্লে।

মিৎলু নাপোম নমখায়দৌরে ঙসি
পাঙ্গল পূম্বা মাঙখ্রগুল্লে ঐবু,
মরোল লোল্লক্লে ঐগী থবায়সি
নীংশিংলক্লমাল্লে হৌখ্রববু।

ঐগী খোঙচৎ তহা তহারক্লে
ঐগী 'মত্তা য়াওদ্রগুম খল্লক্লে।

## ৪৯

খোঞ্জেন অমা তাম্না তারম্বনি
নকশিল্লকই তপ্না ইনাক্তা ’সুম,
নোং খাকপনি হায়না খল্লুবনি
নমখায়দুনা চঙলকই কোক্তা ’দুম।

চেক্লানা খোংবনি ঐদি খল্লুই
ওইরম্লে ’দুবু মতম’ ঈরাওখোল,
মালং শউম্নি অমুকসু নীংলুই
ওইরে ’দুবু মোফংমগী মপাউখোল।

অতিয়াসিনা সুম সুম পিকশিল্লক
নম্থরকপগুম তৌই ইথক্তা,
চীংজাউসু অসুম অসুম ব্রাংখৎলক
চীংদোন’ আশা তান্নকই মথন্তা।

তিনখিনি ’দুম খোম্থাংদুদা নঙসু
মাঙখিনি ’দুগা পুদনা কৈসু।

## নোংছৌ

## ৫০

পুন্সিবু য়াম্মা নুংশিজে ঐনা
পামদে ঐ মুনিগুম লাই নীংবসু,
চেনবনি পুন্সিসিবু কিবনা
খঙবা ঙম্লোই পুন্সিবু কনাসু।

মা শেন্নবদা ৱারবা ঐনি,
হোৎনরি ঐনা মাবু ইনখৎপা
নাম্ছে মানা অসুম, অৱাবনি
তৌহন্নীংদে ঐদি মানা থোকপা।

মঙালদি চীংদোন্দনি, মা খঙদে
খজিক্তং শোয়বদা য়ৌনি লোক্লুং,
নুমিৎ তাদ্রিঙৈ য়ৌদসু য়াদে
মাগী খনবদা লৈতাদ্রে পূক্লিং।

পুন্সিনা পুরি ঐবু পোৎলুম ওই
ঐনা ঈল্লি মাবু, লেপ্পা য়ারোই।

## ৫১

ইয়েংপোক্কী আশাদা লৈনরি
পান্দম্লি মসি মফম খণ্ডদবা,
হন্দক মপোক্সিনা খ্বাইদৈ লুরি
পাম্মুই মপোক্সি ওম্বোক্লা তেনবা।

পোকপা শিবা অনীনা ফিবান ওই
লৈরি মপোকসিনা ফাদোক 'মগুম,
থবায় হকচাং অনীনা মতম ঙাই
পুন্সি ঈশৈ শক্লি হল্লোইদগুম।

চান্নবী ! নঙসু বন্দিনি, ঐসু
অপাম মিহৌ থৌরিনা চেৎনা পুল্লে,
চারী হূবু, তৌরোই খন্না কৈসু
শিবগী ব্রাখল, নঙ খন্দ্রমাল্লে।

খল্লবদি হায়য়ু নঙ অমুক্তং
পুদৌরি করি তাইবঙদৈ 'মত্তং।

## ৫২

খুন্নরোই ঐদি নঙোন্দা লমন
পুন্সিগী লমন তোলহৌনবা নঙ,
নীংশিং নীংশিং নঙবু তোয়না কপহন
খলহৌনবা ঐগী কৈনো মথঙ।

অহীংগী তাংলৌনা সুম থেঙজিল্লক
নুংঙাইনা নঙ ফমুংদা পোখাঙৈ
তেরা মফোলগী মোল্লবা মোনপাক
মৈগুম শানিদো ঐবু নীংশিংঙৈ।

লৈচিনগুম কুপ্লিবা ঙৌরা কাঙখল
তপ্না হাইদোক্লা নঙগী খুৎশানা
থোক্লক্লি মপান, য়েংঙনি থাবল
থাবলদা মৈশা ফাওনি শোয়দনা।

ওইগে মদু ঐনা লমন শিংবা
চাকউ নঙসু নোংমদি, খঙনবা।

## ৫৩

হায়নখিবা য়া অমা ঙাক্লবা
চহী কয়া লাইরেন্না ঙাইখি হায়,
কাউজন থীবা মীদুনা লাক্লবা
মদোম কংদুনা শিজখিবু হায়।

হায়খি নঙসু নোংমা লাক্কে নাক্তা
ঙাইরি ঐনা নোংমদু লাইরেলগুম,
লাক্লরোই খঙনা পুন্সিগী 'মুক্তা
লৈরি নঙদি কৈসু হায়রমদ্রগুম।

হয়েং মপোক থাজদ্রবা ঐবু
হায়খি বৈতরনীদা ঙাইনসি,
থবায়সিনা চেক্লাবু ওন ঐবু
থিরুখিদ্রনে 'মুকসু তুরেলসি।

নত্তে চান্নবী ! ঐ 'মুক থিররোই
থবায়সি ঐ  অমুক য়াহল্লরোই।

## ৫৪

লৈবনীজনা হায়, 'লাইবক হায়বা লৈতে'
থোক্লি পূম্বা হান্না তমখ্রবনি,
উনবা কায়নবা লাইবক নত্তে
উনৌ কায়নৌ হান্না য়েকখ্রবনি।

খল্লগে তমখ্রবনি হান্না ঐ
ৱাররোই 'দুনা নঙ-ঐ কায়নবা
খঙনীংঙি করি শাপ লৈখিবা ঐ
মপোকসিদা নঙবু মাঙজনবা।

থাজ মাসু মালেম্মা কল্লকচৈ
উমখি পেন্না রাহু শক্তম্সু লৌ,
থাজমানবী নঙসু ঐনা লাৎচৈ
থমখি লকানুং মালেম মতৌ লৌ।

খল্লুদে ঐ 'দুবু কুইবা য়ারোই
মালেম্মা ৱাব থাজনা খঙলোই।

৫৫

হীউম্নদি হায়, 'মরম হায়বা লৈতে'
থোক্লি পূম্বা মতা চারুবনি,
উ-ন-কায়নবা মরম্না নত্তে
উনৈ, কায়নৈ, মতা থোকখিবনি।

থেংনখিবনি নঙ মতা চানা
খোঙচৎ অমদা ঐগী পুন্সিগী,
উনখি, কায়নৈ মরম লৈতনা
নাপল অমদা নঙগী শক্তুগী।

কায়নরে তম্লম্ববু ওইরসু
কায়নবৈ মৈচাক্তি খাঙবদা ৱায়,
বিদায়নি মতা চাব থোক্লসু
খন্দে কৈসু, কনানা করি হায়।

করম্না হায়নি, উননি অমুক
কনানা খঙনি, ৱাগনি অসুক।

## ৫৬

মকু অমা খোংলি অহীংচুপ্পা
ঐগুম মাসু মৈশা লাংলমাল্লে,
খাঙলিব্রা খঙদ্রে ঐগুম্না কপ্পা
মাগী মখোলনা ঐবু বাহল্লে।

থবায়দি অঙ্কানি চেক্লা নঙসু
থম্মোয় পাল্লি নঙ, কপ্লি অদুগী,
নঙনা উচেক্লি, কায়দে করিসু
অমতনি মৈচাক্তি থম্মোয়গী।

চেক্লা ও ! কল্লকচৈ নঙবু ঐদি
নঙদি পাইব ঙম্মী, য়ৌনীংবা য়ৌ,
নঙগুম ইসা পাল্লবা, অদুদি
য়েংবা পেন্নি, মাগী মনাকপু য়ৌ।

চেক্লা ! তোক্লো, ঙহাক্তদি লেপখো
মিৎকুপ খরদং ঐবু তূমহনখো।

৫৭

নুংশিবা ! নঙদি শিদে হায়নৈদা
নঙবু থিরুই ঐ ওহোক্লা বানা,
হায়ররোই ঐ বারে কৈদৌনুংদা
'দুবু ওৎকনু মাবুদি নঙনা।

ঐগুম তূমদবরা মাসু, হায়য়ু
নীংথিবী কুচু ওল্লব্রা মাগী,
মানা নোক্লিঙৈ নঙনা চঙবীয়ু
ওৎপীনু 'দুবু মঙলান্দা মাগী।

সিমদি তঙ্বীয়ু নুংশিবা নঙ
মানা তূমদ্রবা অহীং অমতং,
অহীং কয়া লেল্লি ঐ মিৎশেল খাঙ
নত্তে মসিদা নুংশি মশুংলাং।

ঙাইবদি নত্তে 'দুবু মাগী পাউ
করম্না তূম্লি মায়থোঙদুদা উ।

৫৮

বেদনা হায়, 'সংসারসি মায়া ঙাক্লি'
অশেংবদি লৈরে তাম্না, লোৎনা,
ঐখোয়না উই, শেংদবা মক্তনি
লেঙদবদি লৈরে 'দুম উদনা।

পূম্নমক্কী থবায় ওইবা মাসি
চঙলকই হকচাংদা তোঙান তোঙান,
'সুম্না মশেম্মি জীব লখাসি
লৈরি মা লকানুং মৈরাগুম ঙান।

'দুনা চান্নবী ! হায়গে ব্রা 'মতং
কায়নরসু নঙ-ঐ মপোকসিদা,
থব্রায়না হকচাং থনম্লা মতুং
পূল্লুনি 'মুক নঙ-ঐ মফমদুদা ।

কায়নবা থুংনবা তাইবঙগী ওই
পোলোইদা পূম্নমক 'মতা মওই।

## ৫৯

লন থুম্না চীংমুক ৰাংনা পৈসনু
লৈহৌনি অদুম মহৌশা ওইনা,
মালেম পুম্বে মপুসু ওইসনু
তিনখিনি, মাঙখিনি লৈশা ওন্না।

অদুবু মকাউই হে তাইবঙপান !
থৰায়না পাম্ব থম্মোয়না তৌদে,
থম্মোয় 'তিয়াসু ৰাখলগী লৈচিন
থম্মোয়না হায়বা পূক্লিংনা তাদে।

ঈচেল ফাংনা চেল্লুবা তুরেলশিং
ঙাইরি ঈপাক্তুনা মোং-হাদ খৈ,
চান্নবী ! নঙ-ঐগী খেন্নবশিং
লৈররোই মফমদুদদি পঙ্খে।

নঙ ঐ খায়দ্রবা লমদুদা লাকউ
অমতা ওইবৈ ফজবা য়েংউ।

## ৬০

চান্নবী ! নঙগী শৈরেং লোইদৌরে
নঙনা হেল্লি, ব্বাংলি থাগদবা,
হায়নীংবা চান্মনি, লৈহৌদৌরে
ইরি ঐনা থম্মোয়সি ঈংনবা।

লেপ্লি চীং-লেম্না নোংচুপ চীংশাংসু
পাইরি অদুম চীংয়াদসু উরোক,
পাইখ্রে থেংলম্না চীংদোন, লৈচিনসু
লাক্লে মালংসু চীংলোনবু লাল্লক।

লাক্লে লৈচিন মচাদু নোংমগী
লৈথ্রমাল্লে লোংনা কদায়দনো,
নোংদি ওল্লম্লোই, ফংখি বর নঙগী
লাক্লদি, নঙনা করি খুমদোইনো।

নঙগী মিংস্নানা চীংশাং উবকাল
নীংশিংলম্লি নঙ, মতম লৈত্রকাল।

## ৬১

ইমান্যুএল কান্তনা অদুগুঁ হায়,
'সংসার 'মা লৈ, তাইবঙপান নত্তনা,
লাপ্না, তাইবঙ ৱাংমদা, খুর্জি পায়
মাঙবা নাইদনা, 'মত্তা ৱাত্তনা।

য়ৌবা ঙম্লোই মীওইবা, লমদমসি
য়ৌই ৱাখলনা পূক্লিং মপাল তাং,
মমি ঙাক্লি সিদা লাক্লিবসি
হৌফম লৈ মদুদা মমি খুদিং।

চান্নবী ! নঙবু খঙব্রা মসিসু
তাম্লবা মি-নি ঐখোয় আদগী,
মুৎখিনি নোংমা মমিগুম নঙসু
থনমদনা খুদম লৈরম্বগী।

নঙ ঐগী স্বর্গদুনি সংসারদো
ৱাখলগী লমনি, ফংলোই মহায়দো।

## ৬২

চান্নবী ! পঙথরনু নঙবু 'মুক
ৱারোই নঙনা পুম্নমকসিবু খঙ,
খল্লু ৱাখল, উগনি ঙম্নমক
নশাবু নশানা খঙলক্লি নঙ।

মায়া হায়দি থারবা লৈচিন্নি
মাঙখিবা য়াই অমুক নোংদোন লৈচিন,
কোক্রোই মায়াদি, মপোকসিগীনি
ৱাখলদি থৌই, চৎলি মায়া লান।

ঙাইহিরি ঐনা ৱানা নুমিৎ অদু
নঙনা, নশাবু নশানা খঙনা
নাপল পুম্বা থাদোক্লা চৎপদু,
য়েংনীংঙিদো ইমিৎসিনা পেন্না।

য়েংসি, নঙ মদুদা কয়াম ফজে
নঙগী খোঙথাংনা কয়াম্বু লেমজে।

## ৬৩

চান্নবী ! মপোকসি য়াম্না নুংশি
মপোকসিদনি নঙ-ঐ উনবা,
ব্বারে ঐ, ব্বারবসু মনুংশি
পাম্মুই ঐ মসিবু কায়নদৌবা।

লাই মতোন চীংজাওদা শিন্নরমগে
তম্বিখি মানা খাঙবা কনবসু,
নঙ-ঐগী ব্বারী লোইনা লীরমগে
তাকপিখি মানা পুকচেল তপ্পসু।

তশেং তশেংলবা, মাই চীংদোন্না
ব্বারৌদ্রে ঐনা নঙবু, খঙঙুকো,
কুপ্লদি মাবু পা-র লৈচিন্না
নঙগী মঙলান্দা তাউরি, কাউনুকো।

মঙলান নত্তা ঐগী করি লৈনি
কাউবসু ঙমদা করম্মা লেন্নি।

# ৬৪

চান্নবী ! শিবা হায়দুদি শোয়দ্রে
শিহন্নীংদে 'দুবু ফজবী নঙ,
থোক্লিবা নুমিৎ ঐ তাহন্নীংদ্রে
লাক্তনবা নঙগী নুমিত্তুদং।

য়েংবগী পেনবা নাইদবী নঙনা
অঙৌবা ফিনা থক্তুদা কুপ্পা,
চিতা মায়কৈ পাংখিবদো তপ্পা
য়েংঙল্লোই ঐ, হাঞ্জখিগে চৎপা।

নঙনা হাল্লু পাইরকউ উরোক ওন
চীংয়া পক্লা, নঙবু নীংশিংনবা,
খোংলকউ নোংমনা উথুম্মু ওন
লৌবুক লমহাং নঙতনা থন্নবা।

নোংবু মংলা, ঙাল্লকউ নোংথাঙ ওই
য়েংলক্কে পেন্না ঘাহোংবু মওই।

৬৫

ঐনা হাল্লবা করিগুম্বদা
নোংখোঙ ফুন্না লাক্কে নোংহৌবু ওই,
নুংশি মায়কৈ পাংলক্কে পন্থদা
অইংবা নুংশিৎনা শাদোংবু ওই।

লুমাংগী শন্নাং খোম্না য়েংলকউ
খীরুক্কে লাইজ ঈংনবা হকচাং,
নুংশি ঈরিক অমতং মথকউ
পেঞ্জগে থরায়, য়েংজগে 'দুদং।

নুংশি নঙবু উরবা মতুংদি
পাইজখিগে লাউনা খোংনা অদুম,
ঐগী মায়কৈ য়েং, পীবীয়ু বরদি
মীরাইবিখ্রা থরায়নি খন্না সুম।

লাক্কে অদুম মথঙগী কুমওনসু
থিরক্কে ঐ, নঙনা মীরাইখ্রসু।

৬৬

চান্নবী ! নঙগী অনীংবা 'মগী
থাদোক্লে ঐগী অপাম্ব চাম্মা,
নঙগী নুংঙাইবা মিৎকুপ অমগী
ৱাসনু ঐ, ওইরফাও মপোক 'মা।

শাউনা লাকখিবা নোংলৈ নুংশিৎসু
ঈং-তপ্পা হনখিবা মহৌশানি,
মৈচাক পুবা শা-র মৈগী চীংসু
পোকখায়রবা তুং, ঈংখিবা ঙাক্লি।

নীনী পানবা থাজসে তাদৌরে
নুংশিদ্রা য়েংঙু, ৱাকয়ৈ হি মান্ন,
নঙ ঐগী নুংশিবসু লোইদৌরে
মঙাল থোক্তা, থাজ মাবু মান্ন।

কোরৌ মাসু তাই, হয়েংগীদমক
ইরি ঐসু শৈরেং তুংগীদমক।

৬৭

নুংশিবা ! নঙগী চীংমায়দা ঐনা
ঈহিং-নাইহিং শানা শুগাইজরুই,
অদুবু চেস্থুরিবা ঈসিনা
নমিংসি নঙগী, হেক্তা মইরুই।

খঙলে ঐ ঙসিদি, নঙ ঈ পাম্মী
লৌখ্রে নঙনা পুন্সি কয়া-মসু,
ঐবু ঙাইহিরি নঙ, ঐনা মঙম্মী
চৎনি ঐ মতম চানা, চৎলসু।

নুংশিবা ! নঙ ঙাওরে, থকপদা ঈ
ঙাওরবা মীনবু করি তৌনি,
অরোইবা, শিবগী তাঙোব জগোঈ
নত্তে মদু, নঙদি শেম-শাবনি।

শাউ, 'দুনা নঙদি লৈশেম জগোঈদো
লোইনি মালেম, লেপ্লা খুৎথেক অদো।

## ৬৮

নুংশিবা ! নঙদি শাপ ফংলবনি
ঐগীদা নত্তে,থৱায় কয়াগী,
লোইহ্রিবা নঙগী ঐগী লানফম্নি
শোক্লখিনি ঐ পুন্সিচুপ্পগী।

থাঙ্গৎলু নঙ কামদেবগী লীরুং
কাপ্পু অদুগা মশীং নাইদ তেন,
লোৎলোই জয়দ্রথগুম চোংঙাবোন্নুং
থেংনখিনি ঐ বিহু মনুং লান।

নঙনা ঙম্লগা ঐবু মহাৎলু
ঐনা ঙম্না নঙবু মপুল্লগে,
'লম হেল্লি ঐ', মপুদা ৱাকৎলু
ৱাকৎ লৈ ঐগীসু, পেন্না লীগে।

শোক্লরমগে নুমিৎসি তাদ্রিফাও
নঙদি মপুরগে ঐ তুরফাও।

## ৬৯

হে অতিয়া ! নঙবু শীংনা লাক্নি
লাক্নি ঐ লেপ্তুনা চীংখোঙদুফাও,
অদুদৈ শুক্লা উমংনা থৎলি
ঙম্লোই কনা লানবা মদুবু ফাও।

সনা অহীংবা মচুগী য়ুখল
থাদরক্নি নঙনা তপ্লা তপ্লা,
নিংঙাই তৌরোই ঐ, মতম চারে খন
হিপ্লনি ঐ, তূম্লনি নুংঙাইনা।

ঐনা মঙগনি লোইনাইদ্রা মঙলান
কোক্লগনি লোইনা, অৱা-নুংঙাই,
পুসনু মঙদুনা উমংদু লান
য়েংলু গে ঐ ৱাংমদুনা কদায়।

ঐগী শৈরেংনা লৈহৌনি চাই-র
অকংবা উনাগুম কোইপাই পাই-র।

## ৭০

চান্নবী ! ৱাহৈদি মপান নাইদে
লৈরাং নত্তে 'দুবু য়েন্নীংথাগী,
লৈনানি চোইরবা, লৈচু য়াওদে
লৈনম য়াওদ্রে, নত্তে অদুঙৈগী।

ঈচিক হুল্লুরা ঐগী লকানুং
নঙনা থল্লকই হেন্না নৌনা সুম,
ইনৌ নৌরকই ঐগী পিবুক্কুং
লৈয়ুকো নঙ লৈমন চন্দা অদুম।

নঙগী নহুৎ শৈরেংনা শিল্লৈঙে
পোত্থাই খজিক্তং থম্মোয়সিদদি,
ইগে ঐ খুৎসিনা চোকথদ্রিঙৈ
হাপ্পু নঙ শৈরেংগী থৱায়দদি।

ৱাহৈ খুদিং মথ্বায় পাল্লসনু
যুগ কয়া হিংনা 'দুম লৈহৌসনু।

## ৭১

নুমিৎ-থা থৱাম্মিচাক নখোয়না
ঙাল্লু, ঙালহৌখো হেন্না লংনা 'দুম,
লৈত্রে কৈসু হায়রম্লিংঙাই ঐনা
পুরগে হায়গদবা পূম্বা 'সুম।

ঐনা শিত্র তুং থিরক্লবদি
হায়বীয়ু নখোয়না ৱাহৈসিদং,
মায়থীরা লান্মী ওই, চৎখ্রে মাদি
পুরদুনা কায়-র থম্মোয়দুদং।

হংলক্লদি মিং খুম্বিয়ু 'মুকসু,
আশাদি ৱাং লাইবক্তি নেম মাগী
হক্লমদ্রে 'দুনা মমিং কৈদসু,
মুৎখ্রে লৈঙোইথক খোঙ্গূলশু মাগী।

ঐগী হায়বু ৱাহৈ অসিদনি
কনা ৱারৌদা ঐ চৎলবনি।

লোইরবা

রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগী
ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং:

চহী কয়াগী মমাঙদগী (শৈরেং) ১৯৯৬, চীংশুবা শামু
কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল (শৈরেং) ১৯৯৭, খাইদেম তোম্বা
সুরগী লৈবাক্তা নোংমা (ৱারীমচা) ১৯৯৭, কুঞ্জো নিংথৌম্বা
এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স (শৈরেং কলা) ১৯৯৭, বি এস রাজকুমার
নোং নঙসু চুরখো (শৈরেং) ১৯৯৮, ধ্বজমনি খোইনাইজম
হনুবীদি হিংহৌরি (ৱারীমচা) ১৯৯৮, ইবোপিসক নোংথোম্ব
অনৌবা মঙাল অমগীদমক (ৱারীমচা) ১৯৯৮, সলাম শান্তিবালা
সনামানবীগী মিৎয়েং (ৱারীমচা) ১৯৯৮, ডা. কেঐচ শামুঙৌ
লৈহাউগী লৈনম (ৱারীমচা) ১৯৯৮, শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা
লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস) ১৯৯৮, এন মংলেম
খুঙ্গংগী ঈশৈ (শৈরেং) ১৯৯৯, লাইমুজম রামেশচন্দ্র
অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা (১বা শরুক) ১৯৯৯, এ তেজমনি
নুপীদা রাজনীতিগী শক্তি হেঙ্গৎহনবা (ৱারেং)১৯৯৯, টি বিহারী
থাজগী অমম্বা নাকল (শৈরেং) ২০০০, সলাম তোম্বা
মৈতৈ লমজা (উপন্যাস), অনীশুবা খূৎনম, ২০০২, এন মংলেম
চিত্রকার (উপন্যাস) ২০০২, সলাম তোম্বা

ৱা অমতা হায়গে তেলঙ্গা
অমসুং খুল অমগী ৱারী (হিন্দী অনুবাদ) ২০০৩, ঐচ. মেঘচন্দ্র
নোংহৌ (সোনেট সিকুয়েন্স) ২০০৪, সলাম তোম্বা





| | | |
|---|---|---|
| মিং | : | সলাম তোম্বা |
| লৈফম | : | তৌবুল |
| অপোকপা | : | সলাম ইবোমচা |
| অপোকপী | : | সলাম ওংবী থৌদাম নিংঙোল লসমী |
| পোকপা নুমিৎ | : | লৈবাকপোকপা, মে ১৪, ১৯৪৬ ইং |
| লোয়নবীগী মিং | : | ময়েংবম নিংঙোল সনাহনবী দেবী |
| তৌরম্বা থবক | : | সি.আই.কলেজগী ভাইস প্রিন্সিপাল ওইনা জুন ৩০, ২০০৩ ইং দা পোত্থারবা। |
| হৌজিক পুরিবা থবক | : | প্রসিডেন্ট, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ, বিষ্ণুপুর। |
| ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং | : | ১। থাজগী অমম্বা নাকল (শৈরেং) ২০০০<br>২। নুংশিদবগী মচা (ৱারী মচা) ২০০০<br>৩। চিত্রকার (উপন্যাস) ২০০২<br>৪। চেক্লা অমদা (ওড সিক্বেন্স) ২০০৩<br>৫। নোংহৌ (সোনেট সিক্বেন্স) ২০০৪<br>৬। নিংঙোল কা (রেডিও ড্রামা) প্রেস্তা লৈরি। |

সী ৱেবস, মণিপুরগী এন্থোলোজি **'বিয়োন্দ'** দা
ইংলিসকী শৈরেং কয়াসু ফোঙখ্রে।

*****